অং সন্মীহৈবগী

# ঐ ইন্দীয়ানি





সরত সলাম




# *Ei Indiani*

A Collection of 51 Manipuri
poem by Sarat Salam
Wangjing Hodamba Mamang.

অহানবা ফোংবা : জানুআরি ২০০৭

কোপী মশিং : ১০০০

অফোংবা : পোইঁরৈথোইবা সলাম

মথুম নমুনা : পোইঁরৈথোইবা সলাম

মমল লুপা : ৯৫/-

লাইরিক ফংফম : লাইরিক য়োনবা মফম অয়াম্বদা।

---

*লাইরিক নম্ফম :-*

***বি:বি ওফসেৎ, ৱাংজিং বজার, থৌবাল দিষ্ট্রিক মণিপুর।***

# ৱাহৈ অমা অনিদং

লাইরিক কয়া অমা ইদুনা ফোংখ্রবা মতুংসিদা ঙসি ঐগী শৈরেং লাইরিক অমা অমুক ফোংজবা অসিদা ঐগী ঈনিঙবগী ইহুন কয়ানা থম্মোয় নুংদা লোৎসিন্দুনা লৈবা ঙম্লক্তরে। মরম অদুনা ঐগী শৈরেং লাইরিক অসিদা ফোংদোক্লীংবা নুংগী ৱা কয়া নাথৈদুনা থম্লগা পেন্দবা খরা অমসুং য়েংবদা থম্মোয় শোকপা থৌদোক কয়া অমা ঈমাংদা তদুনা লৈরবদা ঐনা শৈরেং অসি ঈজখিবনি, অদুবু ঙসিদি য়াম্লা চম্বা মওংদা শৈরেং লাইরিক অসি ফোংজরি অসিদা পাবীরিবা ওজা পুম্নমক্লা নুং-পানগী ৱা কয়া উবীদুনা খন্না-নৈনবীদুনা লাইরিক অসিগী মশক অমা লেপ্লীয়ু।

লাইরিক অসি ফোংনবা হোৎনবদা মতেং কয়া পাংবীরকখিবা ওজা পুম্নমকপু ঐনা থম্মোয় শেংনা, শিংবা ঙম্লরোইদবা লমন কয়া তোনসঞ্জরে।

অইবা :
সরত সলাম

# য়াওফম তাকপা

-লোইরবা---

# ঐগী পোক্লফম

ঐগী পোক্লফম,
হে ইমা মনিপুর,
নিঙবা কায়না কপ্পনো ?
ইমা নঙগী শক্তম,
কায়হনবা ঙমলোই কনানসু।
হে ইমা মনিপুর।
জাতি চা কয়া পোকচবী
ইমা নঙগী নতম্বাক্তা ।
থক্লীগৈঙে অমৃত্ত ইমাগী ।
থৌজানবীরিগৈঙে ইমানা নচাশিংদা,
ঙমলোই শীঙনরকপা কনানা ?
তাকপিরমই ইপা ইপু অথৌবশিংনা ।
নরৈপাক নজাতিগীদমক শিরকউ
ইপা ইপুশিংনা থম্বীরম্বা
ইমা নঙগী শক্তমবু
মীওই চা খরনা
ঙমলোই করিসু শীঙনরকপা
থৌনাফবা নচা লিশিং লিশিংনা
ইমা নঙগীদমক লেপলি ।
পোক্লফম ঐগী,
হে ইমা মনিপুর --।

----০----

## ও তাদ

ও তাদ য়েংলো লাও,
খোংনাঙ মশা থুদেক্লম্বা
লমদমদুগী অকন্বা শামুদো
অপিকপা ককচেং খরনা
য়াম্না লায়না পুখ্রে ।

ও তাদ য়েংলো লাও,
ঐদি অমুক্তবু উদ্রি
নঙদি করম্না খংলিবা
নঙোন্দগী হল্লি ঐনা
ঐখোয় মতমগী অকন্বদো
উহৌদ্রেদো নঙদি

ও তাদ য়েংলো লাও,
অৱাং তাদগী শাগোলদো ?
মখাগী তাদনা তোংখরে
চেকশিল্লু তাদ চেকশিল্লু
হৈনৌ মনা লোংমনলি ।
শুনিংদবা উচি মখেল লাংই ।

ও তাদ য়েংলো লাও
হৌদোংগা হূইগা কুনমিন্নরে
মমৌ উচি লাকপদগী
অদুম-মক্তী তাদা ও
উচি চৈবা য়াদে হে
ইমুং ৱাথোক ওইজনি
লৈবাক কাং-খোং চাইরনি ।

ও তাদ য়েংলো লাও
মমাংগী তাদগী ইতৈমদো
মনিংগী তাদগী চাক থোংখ্রে
শিদৌবা থৱাইনি নোকনিংখ্রেদা ।
তাদগী ফুরিৎসে ৱায়রাগা
হোটৈলদা চা থক্লীংখ্রেদা
ও তাদ য়েংলো লাও ।।

---------o---------

# ঙাইরিবসিবু কনানো?

ঙাইরিবসিবু কনানো
কনানো ঙাইরিবা নঙ-ঐনা
খংদে কনানো অমদি ঙাইরি
নোংমনা সিদা নোংমনা অমদা ।
নোংমনা অতোপ্পা মফম অমদা
খংদে কনাবুনো ঙাইরিবসে
ঙাইরিবনি ঐখোয়সু মাবু
খংনিংখ্রেদা থব্রাই পাইবশিংনা ঙাইরিবসে ।
ঙাইরিবা নঙনা লাখ্রিঙৈ ।
হাৎনৈ ফুনৈ খৎনৈ
কাংলুপক্কী জতিগী কৈসু নত্তবদা
ওইহল্লি লৈবাক ব্রাথোক মরমদুগীদমক
মুন্নৈ সেৎনৈ অমগা অমগা ?
শাগৎনৈ ব্রাংনা ফুরা দালান,
ঙমজবা মখৈ হোৎনৈ
ঙসিতা লাকপা নখোয়গা
ঙাইরিবশিংদুগা থুনা চৎমিন্নখি ।
ঙাইরিবনি ঐখোয় মাবু
অকোন অহান খক্কী ব্রানি ।
ও, ঙাইরিবসে খংলে
ইশাদগী থব্রাইনা খোকখিব
মিকুপ্তো মিকুপ্তো ।

------o-----

# মিৎ উইশিল্লু

মিৎ উইশিল্লু
অরাপ্পা উনিংলবদি ।
ময়া সংসার কয়ানা থৎপদা
ঙমদে মনুং ফাওনা উবা ।
অদুননি মুনিশিংনা মিৎ উইশিল্লিবা।
খল্লু ৱাখল মিৎ-উইশিন্দুনা
উবনি লাক্কদবা থৌদোকশিং
অমাং-অতোং অফা-ফত্তা ।
উইশিল্লু মিৎ উইশিল্লু মিৎ।

----------o----------

# লৈ নঙবু থিরি

লৈরোল কয়ানা ফাজিল্লিবা ।
লৈরোলনুংদগী চোংখৎলকই ।
থোৎলবা থম্মোয়গী লৈনা পুদুনা ।
শক্তি লৈরাং ওইবনা
প্রজা লিশিং কয়ানা
ঙমদে করিসু সোকহনবা ।
কলেনগী মৈশা মরক্তা ।
থোৎচা নৌজবনা নগুননি ।
অখাঙ কনবা নতৌনা,
সোননৈ তাইবংনা নঙবু,
তমজৌ লৈমগী মতৌ,
অসেংবা লৈদি মীনা থিরকপনি।
উরক-ৱারক চিংয়া-তময়া,
লৈ নঙগী নগুলদুননি ।
ওইদে লৈ খুদিংমক লৈ।
ওইদে নুপী খুদিংমক নুপী,
অদুননি ঐনা,
লৈ নঙবু থিরিবা ।।

-----o-------

# শান্তি

কল্লবা লানফম ময়াইদা
চিন্তা পোৎলুম উৎপদি,
পাংদবা মতৌ নত্তবরা ?
লানফম ময়াই মক্তদা
খুৎশা থেক্লা খাঙলিবা
খুৎতগী খুৎলাই থাদদুনা
মিৎলুদগী পিরাং ঈহৌবদি
হায়গৎলম্বা থাং থাদবদি
করি লৈরে থৌনা ফবা ?
লাওরকই মীয়ামলক্তগী অমনা
কিরে লানদা মাইথিরে হায়নিংদ্রগা
ব্রাখল লৈবা সাদুনা
করিগী তুমিন্না লৈরিবা ?
মীনদি নঙগী নরৈপাক মুল্লগা
নতম্পাক্কী নচা ফাওবা চিংথোক্তুনা
নমাংদা বলি তৌখিবদো
চিরবা লানফম ময়াইসিদা
নখুৎতগী খুৎলাই থাদদুনা
নিংঙমদবা মতৌ উৎতুনা
মিৎলু পিরাং সিন্থবদি
করি মতৌ কৌবগে?

লানদা থৌনা ফবনি হাইরগা
য়েক্লববু কনগে নিংবা
লান পামদ্রব্রা লান্মীনা
লাওরকই অমুকসু মীয়ামলক্তগী
ইরমদম ঈরৈপাক কল্লো
ইরোল ইরাক তাক্লে
অদুবু ঐদি পামদ্রে লান তৌবা অমুক
শান্তি পামলে শান্তি ।।

---ooo---

# য়াক্লাবা কোরৌগী মৈশালক

য়াক্লবা কোরৌগী মৈশালক
কালেন থাদি হুমনিনি
খুৎতা তোকসু পাইদুনা
চাওরা লৈতুম মথৈ
থুগাইরকই জোই ইমাগী
থব্রাই ব্রানা নুংশা থিনা
কোইচেল চেল্লি ফমনাইবশিং
খুৎচাও থানা লৌখিবা ।
খুৎহাম তোইবা তারবরা ?
লা লোনবা কাংবুশিং
মচিন্না লৈবাক সেমলি
অদুবু লৈতুম থুগাইবশিং
খোইগাইদ্রবদি থোকলোই লৈতুম ।
করি পান্বী থাদোইনো ?
প্রজা ঐখোয় ব্রারে
য়াক্লবা কোরৌগী মৈশালক্তা ।।

---- ০ ----

## খাইনখিবা নুমিৎতো

খাইনখিবা নুমিৎতো
সেৎনরম্বা মিৎকুপ্তো
খঙজখি মথনমক্তা
থম্মোয় সোক্লা
তেংথখি হিক্লা
ইমা ইমা কৌজবা।
ইমা নত্তা ইমা শাদুনা
হুম হায়না থেমলম্বা
নঙবু ঐগী কনানো?
তেংথা নাওইনা কপ্লিবসে
পিক্লীবা মচানা খোমলাংদুগী
থৱাই মানা হকচাংদুগী
খাইনখিবা নুমিৎতো
সেৎনরম্বা মিৎকুপ্তো

----- ০ ------

## চাক্কী ঈশৌ

মাংদা ষণ হোইরদুনা
পোৎপু লাঙ্গোল উকাই য়ান্দুনা
ব্রানা করকই নুংঙাইবা মঙলানগা
শরাবা কালেনগী নুংশালক্তা
নোং ঙানবদগীনা নুমিৎ য়ুংবা ফাওবা
মাংদা ষন হোইরদুনা
লৈখোম লৈনাং পুংতৈ তৈ
কুম-লাক্লে
অরিবা মারু পোখাইরে ।
পুমশং শংলে লবুক
খংহৌদা লাকখি ইচাও, ইকং ।
মাঙহনখি মহৈ মরোং
ষণপোৎ খোইরুবা য়ুমগী নুপা
ব্রানা কারকই নুংঙাইবা মঙলানগা
চাক লোইরমদে য়ুমগী নুপী
শাওনিঙবনা হায়নিংঙাই লৈতৈ
ইশৌ লাঙলকই য়ুমগী নুপীনা ।
কুমদুবু কনানা তমখিবগে?

------o-------

## লাইওইখ্রবা অথৌবা

লাইওইখ্রবা অথৌবা
কৎচরি নফমদা শৈরেং সিমতং
কুমগী কুমমোন নুমিৎসিদা
স্বগগী লৈকোন্দা
নুংঙাইনা থম্বীয়ু মহাকপু
হে জগৎক্কী মপু নহাক্না
লাইওইখ্রবা অথৌবশিং
নঙনা মাঙলম্বা মঙলান্দো
নাথৈদুনা পুবিখ্রবরা মতমগী ঈচেলনা
তেঙথরি থম্মোয় সোক্না
অরিবা ইতিহাস
অমম্বা ফিজোন্তবু
নুংদগী ফিথুপ নাইনা চিংথোকলম্বা
হনবা লৈতবা থৌনা
পিরম্বনি নহাক্না
কৈরোই লৈকাই নচা ননাওশিংদা
অদুবুনে ঙসিদি ইজাতি ও
থকসি খাসি মাঙখ্রে
অপোকপী মমাবু ইমা কৌনিঙদ্রে
মমানা মচা খঙদ্রে ।
থাদোকউ নোংচুপ লোমগী চৎনবী
শায়েন ঙায়েন য়েনবগুম
য়েন্নরে ইমাগী তোংশা
নঙগী নখুৎমক্না থারম্বা চারশিংনা

মপুং ফারে
মশা মারেং সন্দোক্লে
অদুমনদি ওইরগা
লমজা মচা মালেনে
তৌথোকরকপা থবক খুদিং
শকউ ঈশৈ শকপশিং
নরৈপাক নজাতিগীদমক
তাইবং য়ুমথোং খুদিং নিলহনল্লু
পীয়ু মীয়ামদা নরৈবাক নুংশিবগী থৌনা
অঙকপা ঈশৈনা শৈরেংনা
ড্রমা লিলা কয়ানা খংহনলু
ঐখোয়সু মখোয়গী মচা মশুনি হায়বা ।
ইয়ু নঙগী শৈরেং
ইয়ু নঙগী ড্রমা লিলা ব্রারিনা ।
শকউ নঙগী ঈশৈ শকউ
পীয়ু মঙাল কয়া মীওইবশিংদা
নত্তবরা ঐখোয়দি ইরৈবাক নুংশিবা
তৌরিবা থবকসিনা শাখিনি ।
থবক তৌবা মাল্লগা
থবকতি তৌদবা নখোয়গুম্বা
নত্তে ঐখোয়দি মীতাংবা
অদুননি ঙসি ঐখোয়না
লৈবাক সিনবা থুংনা শক্লীবা ঈশৈসে
অদুবু[illegible] মহা কই
নহাক্লা মঙলম্বা মঙলান্দুবু ।।

----- ৫ -----

## অহিংবা নঙদি শিরেদনা

অহিংবা নঙদি শিরেদনা
অশিবা নঙদি হিংলিদনা
মীয়াম্না সোল্লিবসু অসিবা নঙবুনি
মীয়াম্না নুংশিবসু অসিবা নঙতনি ।
অশিবনা লৈবাক কল্লি
অহিংবনা লৈবাক মাঙহনলি
অশিবনা ঙমখৈ ঙাকই
অহিংবনা ঙমখৈ থুগাই ।
অশিবনা শারম্বা য়ুম
অহিংবনা নুংঙাইনা লৈ ।
মী হাৎপনা থোংজিন্দা ঙাইরি
অসিবনা কোইচেন চেল্লি ।
য়ুময়াইদা হানগৎ হন্দা
অশিবা অহিংবনা মোমোল নোকই ।

------o------

# নুমিৎ তারে

নুমিৎ তারে ইচাশা
চুখৎলু পুদোলদু ঙান্না
মৈতৈ য়ুমজাওগী কাদো ঙানহল্লু
নুমিৎ মানা তাখ্রবদা
অমম্বনা কুপশিল্লকলনি মালেম
খোঙথাঙ খুদিং য়েক্লবা ঙক্তা ঙাইরকলনি।
নুমিৎ তারে ইচাসা
পুদোলদো চুখৎলু ঙান্না
মী খুৎশাংবী থোরক্লনি
কেজিদা ওন্দুনা লৈবাক য়োনখ্রনি
কোন্থোংদো চেৎনা য়ৈশিল্লু
পুরোন চেৎনা থাজল্লু
নুমিৎ তারে ইচাশা ----।

------০------

## মমা

থব্রাই ৱানা শ্বর থবেৎ থবেৎ
হোরেলগী চারা হৌজিক্কী চারা
হাওবা হাওতবা থনবা থন্দবা
খরদি চাখ্রে শিদি শিররোই
হয়েংগীদি করম থোকলগবা।
কোক্তা মনা মশিং খরা
থরো থম্বাল থমজেৎ থাংজিং
কৈথেল থোকপা নংননবা
থব্রাই ৱানা শ্বর থবেৎ থবেৎ
মচু মানাদবা সেন্দন
অতৎপা অসম্বা তোংলদুনা
খোঙকাপ লাওনা লাওনা
কোক্তা শমজেৎ হাৎপা নংদনা।
অসুক ৱাজবা মচাদো
অশিবা ওইনা লৈরমখি
লম্বীদুগী লম্বীদুদা
অসুম খননা-খননা লৈরম্বা
তুমথখি পিক্লীবা মচাশিংবু সুম্না-সুম্না
মদোম মমাদো।

------- ০০০ ------

## ঐনা তৌগদৌবসে

করিনো ঐনা তৌগদৌবা
হে ইশ্বর করিনো ?
মাংদসু এতোম তুংদসু এতোম ।
চীং অসিগী ৱাংমদনা
ইমানা ঐবু কৌরি ।
অরোইবা মিৎকুপ্তো ইমাগী
উনিংবনি অমুক্তদি
অদুবু মিৎকুপ খরগী মতুংদদি
ইমা নঙসে মীগী ওইখ্রগনি
মিৎকুপ অমতং হাল্লবদি ঐনা
কঞ্জহৌবা ঙমগনি মীগী মখুৎতগী
অদুবু ইমা ঐদি
মাংদসু এতোম তুংদসু এতোম
খুৎসিসু মীগী মীচংনি
চেললীবা ঈতা ঙাইরে
অদুবু ইমা য়েংজগে
কনহৌবা ঙম্বরা অমুক্তদি ।।

------ 000-------

## লোক্তাক

হে ইমা লোক্তাক
করিগী কপ্লি লোক্তাক ইমা
ইমাগী ফিবম সোকচিনলে খন্দুনা
সহিত্যগী কোলোম পাইদুনা
কলহৌদবা য়াদে ইমাগী শক্তম
লাওরি কপ্লি তেংথারি।
ঙসিসু মফম অসিদা
সহিত্যগী কোলোম পাইদুনা
হে ইমা লোক্তাক
নঙগী নতম্বাক্তা চাক্তারিবা
জিবা কয়া মাংশিললক্নে
উচেকলক্তা কয়ানি
শালক্তা অথোইবনি।
ইমাগী নতম্বাক্তা হিংজরিবা
লাও লাও চৎসিলাও
কাঙলুপকী খেনবা নৈতবা
লোক্তাক ইমাবু কল্লুসি লাও।
সহিত্যগী কোমলোম পাইখৎলু
মীওইবগী থম্মোয়দা ফাওহল্লু
থৌরবা সহিত্যগী কোলোম মচিন্দুনা
থাংজিং চীংশাং পরেংনা পলঙাক্লী হায়ববু।
অৱা তুরৈ চনবদি

য়েংবদা থম্মোয় সোক্লা কপনিংই ।
ইমানা মপান ফারিঙৈ
ইমাগী মীবু ব্রাৎলমদে ।
ফৎলক্কবদা ইমাগী ফিবম
ইমাগী মীবু ব্রাৎক্লি খনবর ?
মনিপুর ইমাগী লাইবক্কী চন্দোনি লোক্তাক
লাও লাও কনলুসি লাও
অঙকপা ইশৈগী সুরদা
অমত্তা ওইবা শৈহেক্তা
ফাওহনসি মীওইবগী থম্মোয়দা
লোক্তাক ইমাবু কননিংবা
ফুম মচা-মচা মথক্তা
পুন্সি খোংলোই ওইরিবা
তাইবং মীওই কয়ানা
হিগী হিনাওদা তোংদুনা
পাউরা খুউনা সোন্দুনা
ঈলগী জগোই সারিবী ।
নোংমগী চারা তাঞ্জরিবা
লেমলৈ ঙাবু লৈরক্করে
নোংমগী চারা চিন্দম কোননরক্করে।
করি মতৌনো তৌরি মতৌসিবু ?
লাও লাও চৎসি লাও
কনলূসি লাও লোক্তাক ইমা
লাও লাও চৎসি লাও ।।

----০০০----

# নোংদোন থাজা

নুংশি মপাউ পুদুনা
চৎলি থাজা মহাক্না
থম্মোয় মৈচাক লোৎশিন্দুনা
চিনবান্দা মোমোল নোক্তুনা
করিগী নিংবা কাইবনো
ফোঙদোক্তুনা চাক্লীবা মৈচাক ।
নুংঙাইরিবরা হংলুবা খুদিং
মোমোলতা নোক্তুনা পাউখুম্বীরি
লোৎশিন্দুনা থমলিবা অব্রাবদুদি
মাইথোংদা তারি থম্মোয়গী মমিদি ।
থাজা নঙসু ঐগুম্না
করিগী নিংবা কায়বগে ?
থেংলবা অহিংগী ইতাও ?
শাখিসি শজিক থাবল থোক্লীফাউ
ঙাইখিসি মহাক্কী মপাউ
লিরকখো ব্লারি অঙাং ওইরিঙৈ
শানখিবদো ইতা লাইধিবী
পন্থৌ মঙ্গোল কাচিন্দা
লুহোংখিবনি ইতা লাইধিদো
কপমিন্নখিবনি ইতাদো
নুংশি মপাউ তমলদুনা ।।

--- ০০০ ---

ঐ ইন্দিয়ারি -২০

# য়ুমলোননবী থাজা

য়ুমলোননবী থাজও
কৈরোই লৈকাই থব্রানমিচাকশিং
করম লেল্লি নুংঙাইরিদনা ?
ইচে নিংঙোল তারামথোই ও
ঐগা থানা তরানিথোইনি
নুংশিরবী ইনাও লমতা থা
নঙদি ইচেম তরামথোইনা
কেনা মৌনা য়োকচবীনি
শানহৌখো চেন্না চোংনা
শজিবু থা নচে অহনদি
অব্রা অনা নোংলৈ খাঙজরক্লবী
নঙনা করম লেল্লি
অব্রা মৈশা পুদুনা লক্লে
নিংঙোল কালেন থাসু ।
সিননরম্মি অমুক মনাও ইঙাদা
খৌরাঙলবা নোংলিক পুদুনা লাকউ
ইঙেল কৌবী নচেসু লাক্লনি ।
লাইরবী ননাও থব্রানদি
ওন্থোক্লা য়েংহৈদ্রেদা
লাইরবা নচে য়ৌরক্লনি
থোইনা হেন্না ব্রারুনু
ঈংনা চিক্লা পাল্লিবা
মেরা থা নিংঙোলদি

নোংমা নুমিৎ অমদা
কুমগী হৈরাং পুদুনা লাকখ্রে
লাকলে ইনাও হিয়াঙ্গৈসু
মতারোই নিংঙোলশিং পুদুনা
লবুক্কী মহৈ মরোং কয়াগা
লাইরেম্বী ইমা ফৌওইবীগা
লাক্লে অমুক পাইনু থা নিংঙোলসু
ঈংলবা উলেন লক্তা
লেংঙম শাঙমদ্রবা নিংঙোল
ৱাকচিং থা মহাক্তী
ঙাইহৌবনি ইনাও ফাইরেল থা
নখোয় নিংঙোল তরানিথোইনা
চহী অমগী মনুংদা
নপাম লমদমদা লাকপদা
ৱামিনরক্লবা নতারোই থাজা ইনাক্তা
নুংশি মপাউ তমনসি
য়ুমলোননবী থাজও
য়ুমলোননবী থাজও ।।

--- ০০০ ---

# খংহৌদা অয়োগী চৈনা

খংহৌদা অয়োগী চৈনানা
শ্বর ফাওবা হোনবা ঙমলক্তুবা
কোক্কা মোনগা তাইনরবা ।
হকচাংগী শরুনা মপাম্থোরক্লুবদা
ইমা ইমা কোলোইনা
অয়ো চৈনা খাংলি ।
খৎপা থোক্তুবা লৈয়েংসিদা
নম্থারি অরুম্বা অমনা
ওনবা লেংবা ঙমদনবা
অদুবুনে চৎনিংদে মফমদুদা
নুংঙাই হায়নবা মফমদুদা
লৈজনিংই ঐদি অসুম
মীনা মীবু ওৎনরবা
অঙম অঙম সেম্তুনা চানরিবা
হিংহৈদ্রে হায়নরিবা তাইবংসিদা

হিংজানিংই ঐদি অসুম
শিবা হায়বসে পামজদে ।
ঐবু অমুক্তা হিংহনলু
কনানো থৌনা ফবা অমতনা
লৌজহৌ পিগে নখোয়না পাম্বা
সনা লুপা লৌ-ঈংখোল
ওমদে মসিমদি নখোয়না ।
নখোয়না ওম্বদি ঐ খওই
হাৎপা তুপ্পা মাংহনবা
ওৎখাইবা য়েৎখাইবা চখাইবা
মশিং খংদনা হাৎপা
অসিখক্তানি নখোয়না ওম্বা
অসিমদি হংলক্কনু করিমত্তা
খংহৌদা অয়োগী চৈনা ।।

--- ooo ---

# পুক্লিংগী বাঁশি

পুক্লিংগী বাঁশি
তারি নাপ্পসিদা বাঁশিগী সুর
লাপ্পা খোংলকই নক্লা তাই
নক্লা খোংই লাপ্পা তাই
লৈবা ঙমদে পুক্লিং ৱাখল
মিংকুপ্তা য়ৌরুরি
য়ৌনিং য়ৌনিংবা
কারুরি অৱাংবা চিংজাও
কুমলুরি অরুবা লোকনুং কয়া
শান্নরকই থৱান মিচাক লক্তা
ফমলুরি থজগী তম্পাক্তা
নুংগী ৱা ফোংদোক্লদুনা
লৈহৌই নঙগুম্না নুংশিবী।
মফম খুদিং খেনবা লৈতনা
ওইনিংলুই মতম চুপ্পগী
তু তারি বাঁশি
পুক্লিংগী বাঁশি ॥

--- ০০০ ---

## ঈচেল

তপনা চেল্লু ঈচেল
করিগী অদুক তহারিবনো ?
মাংদা কনা চৎখ্রবগে?
অদুক শাওনা চেস্থরিবা ?
নংঙোই হারোইদবা মতৌগুম
নম্রগা কনানা নঙবু কৌবনো ?
তপনা চেল্লু ঈচেল ।

হন্না করিমত্তা য়েংলমদা
অশাওবা ইথক ইপোমগা
করিগী অদুক শাওবনো ?
তপনা চেল্লু ঈচেল ।

করিগী অদুক তহারিবনো ?
মাংদা কনা চৎখ্রবগে
অদুক শাওনা চেস্থরিববু
তপনা চেল্লু ঈচেল ।।

--- ০০০ ---

# অশিবা মাশেল

ঐখোয় অশিবা মশেল
মীচং খোমনৈ কাংলুপ নাইনা,
মী-হাংপী শানৈ,
ড্রমা লীলা, ফিলমগুম
লাওই, হৌনা লাওই
অশিবনা অশিবা হাৎলে ।
মোমোল নোকই অশিবনা
শ্বর হোন্দবা অশিবা
কুইরে লৈবা মফমসিদা
অশিবগী মিৎতগী হৌরকই
চাকলকই ৱামৈগুম মৈরি থোক্তা ।।

---- ০০০ ----

# তংখাই পুন্সা নোঙ্গৌবি

ইকাং থোক্লে লৈবাক ব্রারে,
মালেমসিদা লৈরিবা জিবা পুন্সা
ঈশিং থকপা ফংদরে
তুরেল পাৎ পুখ্রি
লৈত্রে লৈবাকসিদা অমত্তা
জিবা পুন্সা মিতিন ফমখরে ।
মী লৈত্রিবঁগে
লাইন মী ওইরিবঁগে
লাই পুন্সা খুনদিন্নে
লৈবাক সিনবা থুংনা
তুরেল পাৎ পুখ্রি
তৌদবা য়াদে ব্রারেপ্লে
লৈবাক পুন্সা পাওজেনলি
উচেক ব্রায়া তিন কাং
অমত্তা চিথবা য়াদে ।
ঙসি কৌরৌ নুমিৎসি
মাগী মাগী লৈজবা
চিথদনা থোরকনরকই ।
কনা কনা লৈহৌরি
য়েংঙু লৈবাক থুংনা
নোঙ্গৌবি কৌবী চেক্লা
মঙ্গোল কাচিন অমদা
মচা খোমলাং ইনলমই

লাকও নঙদি কৈদৌরিবা ?
খুমলকই নোঙ্গৌবি কৌবী চেক্লনা
ইচা খোমলাংবু ঈনলিনে
য়ারোই ঐদি নংদেনে
মচা ঙাইহাক কপ্পগা
লৈবাক মাংবনা ফবরা ?
ফরে ফরে অদুদি
তুরেল পাং পুখ্রি
মালেমসিদা তাখ্রবা ঈশিং
য়ারোই থকপা অমত্তা
থকলমলবা করিগুম্বদা
তংখাই অমা পুমমুদো
নঙগী নশা অদো
সোইফদবা মপুগী শাপনি
নোঙ্গৌবি কৌবী চেক্লাদো
মারৈ খরা তৌরুবগী
অহকপা দন্দি ফংলেদো
ঈশিং য়াওদা জিবনা
কয়াম কুইনা হিংগনি
লামাবদি চাক
অমনা মহুৎ সিনলগা
চাক লাম্বা কোক্ইদো
ঈশিং খৌরাংবদি ঙমদে খাঙবা
ঈশিং মহুৎ শিনবা

করিবু লৈরিগেনে নখোয়বো ?
নোঙ্গৌবি কৌবী চেক্লাদো
খৌরাংবনা খৌগংলবা মতৌনা
নোংদোন লাইজা কৌদুনা
তেংথা নাওইনা কপ্লকই,
কৌরক্লে খুৎলাম তোইন-তৌইনা
অহিং তাইবং খাক্তা
নোংদোল লাইজা কৌজবা
অতাবা জিবা পুম্বানা
নোঙ্গৌবি মতৌ য়েংঙমদ্রে
নোঙ্গৌবি মাগী মতৌদা
থৌদু নুংগুম কনলম্বা থম্মোয়,
থম্মোয় মহি চেনলক্লে
চীংখোং চীংয়া পুম্বা
অমুবা নোংনা ফুইনা হৌরক্লে
অতিয়া সিনবা থুংখরে
খেক্লা ঙংনা পাইরক্লে
নোঙ্গৌবি নোঙ্গৌ ইঁশৈদা
খংহৌদা চুথারক্লে নোংসু
অঙাকপা মওংদা তৌরক্লে
থৌসিন হৈবা অমনা
থৌসিন পুম্বা সেমলকই
চীংনুং-মনুং হুৎপা হৈবা
উচি শবী কয়ানা

চীংনুং-মনুং হুৎলকই
অপুম অশা মরাক্তা
তাইবঙ থম্মোয়বু সুমহৎপা
কোক্কিন কৌবি চেক্লানা
খুৎলাং ঈশৈবু শকহনলি ।
নুমিৎদাং মতম ওইরগা
কাওজেং হারৌ কয়ানা
নাওসুম ঈশৈ শক্লকই
পুংগী জাগোই শারকই
সিন্থা মাবু সুরিঙৈ
পাখং লৈশা শকখংনরকই
নুংশি পরৈ চেৎনরকই
ব্লাবরা হায়ববু
থোইনা হেন্না নুংঙাইদা
কোক্কিনগী খুৎলং ঈশৈদা
হৈ হা খুমলদুনা
থবক মাঙম য়াংসিনলকই
সিবু কৌবরা শুমিন্নবগী নুংঙাইবা ?
উজাও উরা কয়া

ঙারিন শামজেৎ কয়ানা
মাংবু থাদুনা ককথৎলকই ।
ককথৎলকপা নুংজাও উজাও কয়ানা
লৈবুং লৈবুং পৈরম্বা
তৌখৎলকপা লৈবাক লৈঙোই কয়ানা
চীংজাও পরেংগুম থমলম্বা
অঙকপনি মতমদুগী লাইগী লৈঙাকলোন
নোঙ্গৌবি নাহে ঈশৈনা
পাৎ পুখ্রি তুরেল ঈশিংনা ইমাই চোল্লেদো
লৈবাক সিনবা থুংনা খংনরে
লৈবাক মপু থোরক্নুনা
নোঙ্গৌবিদা মনা চাওনা পীররে
চেক্লা নঙগী নমিংদি
নোঙ্গৌবি চেক্লা কৌরগে
নোঙ্গৌবি চেক্লা কৌরগে ।।

---ooo---

# মন্ত্রি ফ্রাম

মন্ত্রিসিবু মথাদা কয়া কয়ানো ?
তৌজরি ঐ মন্ত্রি ফ্রাম ।
লৈজগে মন্ত্রি মথা অমা অনিতং
কয়া কয়ানো? মন্ত্রিসিবু মথা মথাদা ?
লৈবীয়ু য়ানি য়োঞ্জরি ঐখোয় ।
মথাসিদগী খাইবদি য়ারোইকো ।
য়ারবদি খাইবিয়ু কৈদৌবগে?
অনি অহুমতনি ব্রাৎলিবা ।
খাইদবা ঙমবরা য়েংগে ।
লোন্না কৌথোককে মনিংথোংদা
উইহনগে মমিত্তা, লাক্ষ লাক্ষ
লাও হে, লাও হে, লাও হে,
খিকানি ঐখোয়দি ভোট লেপ্পা
অহুম খক্তনি য়েনখিবা ।
অপংবা প্রজাদা ঐখোয়না
অনিদি লেম্মেহে, মন্ত্রি খিকাসে
থা খুদিংগী ফন-ফন
অমদগী অমদা, অমদগী অমদা
মন্ত্রিসিবু মথাদা কয়া কয়ানো?

তৌজরি ঐ মন্ত্রি ফ্রাম।
চাগোক ফবা মন্ত্রি খরনি ।
কাওনহৈবা মন্ত্রি খরনি
মখোম থোকপি মন্ত্রি খরনি
হন্দক্তা সেমখিবনি শামু মখোংদা
ঐখোয় অনি অহুম
মন্ত্রিসিবু মথাদা কয়া কয়ানো ?
লৈজগে মন্ত্রি মথা অমা অনিতং
তৌজরি ঐ মন্ত্রি ফ্রাম ।

---- ০ ---

# মতম

মতমনা কনাবুসু ঙাইরমদে
ঙসি তৌগদৌবা থবক
হয়েং তৌগে খল্লুবনা
হয়েং কয়া নন্সনখিবনা
ইশাগী ইথৌনা ইরেপ থুমজিনলক্লে।
কপলে ঙসিদি অব্রাবনা
ওইরকলে পুন্সিসে অব্রাবত্তা
হে মতম কৌবী নঙবু
ঐনা কয়াদা ঙাইজবা
নঙদি ঐবু ঙাইরমদে
মতম কৌবী নহাকসে
ঈন্থোক্লসু ফৎতেদকো নঙসে
পুন্সি নুমিত্তি তাসিনলক
তৌগদবা থবকনদি য়ামসিনলক
পামুরকখি হৌখিবা মতম
ঐনা লাইনা থাদোকখিদা
কানদরে খংলবা মতমসিদা
মীথা পোন্দুনা হিংলমলে
মতম কৌবা নহাকপু
অমুক্তদি হল্লকখোগবা
নঙগী নফমদা ঐনা লানখ্রে

ওইররোইদবা মীওইবগী ৱাকৎনি
চৎসি চৎলো মীওইবশা
নোং-ঙানবনা হানখ্রগনি
মুলহৌসি ঐখোয় কিসি শেত্তুনা
লাকলরোই অমুক চৎখ্রবদি
লৌহৌসি হেঞ্জন্না ঐখোয়
ওইগনি মদুতনা অফবা
মতমনা কনাবুসু ঙাইরমদে।

---o-----

## ঐদি অঙাংনি অঙাং

ঐদি অঙাংনি অঙাং
চাবা য়ানি য়ারোই খংদনা
অফং-অফং চারিবা
মীগী মপোৎপু ঐগী ওইগে য়দ্রগা
ইমাদা নীংঙাই তৌরিবা
মৈবু শনি খংদ্রিবা
ঐদি অঙাংনি অঙাং ।
লৈবীয়ু ইমা থা থব্বানমিচাক
ওইজগে ঐগী সংসারসে
পীজনিংদে ঐদি কনাদসু
ঐবু অঙাংনি হায়দুনা
করিগী পীজনিংদে
করিগী উইহনিংদে
করিগী চংহন্দে ইথন্তা
ঐদী অঙাংনি অঙাং
লাই ফত্তবা লাই অফবা
ঐদি লোইনা উই খঙই
মখোয়গা ব্বারি শনৈ
ওইদবা ঙাংহন্দে মখোয়না

অমুকসু তম্বী মখোয়না মীনম্বা
ঐদি অঙাংনি অঙাং
অচুম অরান খংদ্রিবা
পুবিগনু ঐবু মিৎনম্বা লম্বীদা
উইহনবিয়ু ঐগী মিৎতা ময়া
চিংবীয়ু লৈই অচুম্বা
পুন্সি মকোকসিদা
ঐদি অঙাংনি অঙাং ।

-----০----

# ঐখোয়নি

থৌনা ফবা নহারোল ঐখোয়নি
শক্তিগী হৌরকফম লৌশিংগী তুংনফম
পাম্বোমদা পাঙ্গল থম্মোয়দা থৌনা
শঙখ্রবদা মরৈবাক নিংবগী মচুনা
কনানা ঐখোয়বু লাকচ্চবা ঙমগনি
অপাকপা সমুদ্রসু লানগনি
অৱাংবা চিংদোল কয়াসু কাগনি
থৌনা ফবা নহারোল ঐখোয়নি
খুৎতা পাইরিবা জাতিগী ফিরাল
মালেম সিনবা থুংনা পাইহনগনি
পুরক্কনি নুংঙাইবা তাইবংপান অমা
থৌনা ফবা নহারোল ঐখোয়নি
য়েংঙু কয়াম ঙমবগে
খংঙু ঐখোয় ভারত মচানি ।।

----o---

# মীনুংশি

অরাম্বদা পীজবা
খৌরাংবদা পীথকপা
লাইরবদা তেংবাংবা
ধর্ম্ম লৈবশিংগী মীনুংশিনি
চংজরকপা মীবু কনবিবা
সিদগী হেনবা অমা
লৈতে ধর্ম্ম অমা
মতম লৈবা খিবিক্তা
ঈশ্বরগুম্না পাউতাক পী
ওইগনি মখোয়দী মরুপ
ঈশ্বরগী অচেৎপা মরুপ
উগনি মখোয়না লাইন
মীগী অরানবা অশোইবা
অফবা থবক তৌরবা
মীওইবা খুদিংমক মান্নরবা
কল্লকপা মীহৌবা পোকত্রবা
মহাক অদো অচম্বা নত্রে
ওইগনি মহাক শোইদনা
ঈশ্বরগা নক্লবা মরুপ ।।

--- ০০ ---

## থরো-থম্বাল

লাইজা ঈয়াই ওংজবী
থরো-থম্বাল থারিক-থা
লৈশক-লৈচু মান্নদে
অৱা-নুংঙাই তিন্নদে
পল্লেপফম খঙদা তাইবংসিদা
অহিং নুংথিলগী মশক্সি
কোরৌ মঙাল ফংবদা
অনৌবা পাঙ্গল হাপ্লবদা
থম্বাল কৌবী লৈরাংনি
মালং ঈপোম ঈরোইননা
জগোয় শাথেক কৎচখি
মপু মাবু য়েংদুনা
থাবলগী মঙালদা ঙাওজরব্বা
থরোনা কপচরি ঈয়াইথক্তা
অৱাবগী শকলোন লৌদুনা
হে অহিং ওইরকলো ঐগীসু ।

--- ০০ ---

# ভারত

ঐখোয়গী ফিরাল ৱাংনা পাইরি
ভারত ইমাগী তম্পাক্তা
মীৎকপ থোক্লে ঙসিদি
মনিংতমলে ঐখোযগী লৈবাক
ঐখোয়গী ফীরাল ৱাংনা পাইরি ।
নিংতম্বা ফংনবা হোৎনবদা
থৱাইনা পোম্থা ওইদুনা
থৱাইগা শিন্নখিবা নিংতম্বা
ঐখোযগী ফিবাল চিংখৎলম্বা
হে লাইওইখ্রবা অথৌবশিং
কৎচরি কুমগী তর্পন ।
হিন্দু মুসলিম চীং-তম
অপুনবগী খোলাওনা লাওবসি
ভাবত ইমাগী জোয় মতা জোয
ধর্ম্ম লোন জাতি তোঙাল্লবসু
ইমা অমতগী মচানি ঐখোয
অপুনবনা জোযনি চংসিনসি ঐখোয
খংহনসি ঐখোয় অপুনবনা জোযনি
উৎলমসি ঐখোয শিবা কিদবনি
অচুম্বগীদমক থৱাই পামুদবা
ঐখোযগী ফিবাল ৱাংনা পাইবি।।

---০০--

# করি তৌরে

করি তৌরে চান্নবী
ঙসিদি মমোন নোকত্রবদি
মহৌসাদি নোকনবিনি হায়রম্বদাই
কপ্লব্রা ঙসিদি চান্নবী ।
করি তৌরে চান্নবী
নঙগী মীৎলুদা পীরাং
শীন্থদুনা ব্রা ঙাংদ্রবদি
লোম্থোক্লবী মুতী অমগুম
ব্রা ঙাংদনা শিন্থরিবা
করি তৌরে চান্নবী ।
করিগী অদুক শোক্লা
থম্মোয়না পুবা ঙমদনা
অদুক কন্নবা চৈনবু
লোৎতুনা থম্লিবা নঙনা
করি তৌরে চান্নবী ।

---o---

## চৎলমদাই

মেরা থানা চৎলমদাই
নিঙোল নঙবু উনিংদুনা ঙাইরম্মি
হিয়াঙ্গৈ থানা লাকলবদা
উন্নবা ফংদনা হনখ্রে
শুক্লা মমলবা থাশিগী অহিংদা
থাবল ফরবা অহিংদা
মপাম লমদম নিংশিংদুনা
নিঙোল পুক্নিং কপ্লম্বা
লাক্লে ঙসিদি নিংঙোল চাকৌবা
হরাও মিনোক মরক্তা
থম্মোয় মৈচাক লোৎশিন্দুনা
খুৎতা থাঙ্গোল পাইদুনা
লৌখাও জগোই শারক্লে
খুঞ্জা ইবুং নুংশিবা
চৈরোং তম্বা ইশৈনা
ফৌবী চরৈ হাইরক্লে
মেরা থা ইতারোই
কনানসু খাম্বা য়াররোই
অরোইবা মতম লাক্লে
ইপাম লমদম নুংশিবা
উরনি ঙসিদি লোইনমক
পলেম-পম্বৌ শঙ্গাইদা

ঙাইরম্লনি ইবু-ইপ্পাশিংনা
খারি লৌবুক অপাকপা
ফৌনা লৌপাক চোল্লে
ফৌওইবী ইমা কুম্লক্লে
লৈতা লাইরা পুম্নমক
ফৌসু ঈশৈ শকলক্লে
হৈ, হা, হৈয়া হে ॥

--০০--

# মসিবু

হায়নবনি অহন-লমনশিংনা
য়ানিংদে মশা-মশাদি
পামদ-পামদা লুহোংখি
মতম ফনা কুইরক্লে
নোংমা নুমিৎ অমতা
ফম্মিনখিদে মতৈ-মনাও
লুহোং নুমিৎতগী ঙসিফাওবা
কৌনা ঙাংন-শক্লদে
মমা-মপা মথা শানৈ
চহী কয়া হৌখ্রে
লুহোংখি নুমিৎ অদুদগী
য়ুমগী মৌ ওইরবী
মীগীদি মচা নিঙোলদো
নোংমা নুমিৎ অমত্তা
মোমোন নোকপা উরমদে
মসিবু কনাগী মরাননো?

--০০ --

## নঙগীদি ঐনে

নিংথিনা ফম্মু ঐগী নাক্তা
নুংশি ৱারি শান্নশি
নুংশিনা য়েংউ ঐঙোন্দা
মসিনা লোইরে নং-ঐগীদি
অমুবা নোংগুম্লবা শম্লাংদুনা
কুপশিল্লিবা থাজগুম্লবা মাইথোংদো
মপুং ফানা য়েংজগে
খোমগৎলগে মুরা নঙগী শম্লাংসে
মিৎ-কুপ্তুনা মুনা য়েংলগা
করিগী পীনো তারক্লিবা
তপ্লা হিপথরকউ তম্পাকথকসিদা
তৈথোক্লগে অৱাবা পীরাং
নঙগী করি ৱাৎলিবগে
লৈরীব্রা সিদগী হেনবা অমা ।।

---o- -

# কি ঐদি

কি ঐদি নুপীসে কি
নুংশি চন্নরা লৈমিনরম্বা
মচিন মনাওগী মরি মতা
মপা মচা মমা
শাগৈ নাতৈ মরি।
চংনহন্দে কৌনহন্দে নুপীনা
শাগৈ অমদগী শাগৈ অমদা
ওঙলকপী মৌদো ।
কি ঐদি কি
জগৎকী মবেম্মা দুর্গ্রানা
মপাম লমদম চৎপদা
হিংচাবীগী শক্লোন পুথোক্লনা
মী মকোক পরেংনা
লিক্লাং পরেংগুম ঙকশমদা
চেন্থারকপা ঈ,
ওকপা নাইদনা থককি ।।
পান্দপ মচিন মনাওগী
সেবা তৌরিবী ধরুপত্তিনা
মঙাগী মকোক থংখি
ঙমই নুপীনা লোইনা
লৈতৈ মখোয়না ঙমদবা ।।

-০--

## নোংমদি খঙঙু

চৎনবী নঙসে কনাগী
ওন্থোক্লা ফজৈদা
ওন্থোক্লা নিংথিদা
তৌবীমন্না খঙলিবা
থৌগললোন্না খঙলিবা
অদুননি নঙবু
ঙমনদ্রিবা হোংদোকপা
নঙবু পমনরি
মীওইবা খুদিংমক্লা
অদুবু নঙসু
খঙঙু চৎনবী
নঙনা ব্রাহল্লি
কপহল্লি নঙনা
থৌদোক অমা
লাকপদা কিনরে
চৎনবী নঙ
নোংমদি খঙঙু ।।

--- ০ ---

# তনদন

তনদন উবদা ঐদি
থিরিবনি খললুরে
লবুক লমহাং
কোইপাই পাইদুনা
মাংখিবা কদায়দা
থিরি কাচিন কোইয়া
তনদন উবদা ঐদি,
নোংনা চিফেৎ চুখিবনি
খঙহৌদে কদোমদগী কদায়দা
সিনবা থুংখি মচি ময়া
মখুৎতগী মনি তাখিবগুম
শিবা কিদে মখোয়দা
অমম্বাগীদমক থরাই পম্মুদে
তনদন উবদা ঐদি
ওইরবোই নিংঙ্ৎই অসুম
শিবা কিদবা মী
মশাগী ওইজবা থাদোকপা
অনৌবা ইতিহাস সেম্না
লৈবাক্কীদমক থরাই কখোকপা
অচুম্বগীদমক শিবা কিদবা
অহিংদা সেম্বা বসন্তা ।।

--০--

## পুন্সি নুমিৎনা

তারমদায় পুন্সি নুমিৎনা
য়েংলম্মী মুনা ঐবু
পাউখোং অমা চনলম্লগা
খংহৌদনা মাওখি
অঙানবা মঙাল পুদুনা
থংনবা মিৎকুপ্তা অমম্বনা কোইসিনখি
ঐ অসুম কিরকখি
পুন্সি নঙগী খোংচৎসিদা
করিগী লাক্লী অমম্বা নঙনা
নোংঙান্দনা লোইশ্রবা পুন্সিনা
থিরি মাওশ্রবা লম্বী
লৈরমই ঐগীসু পুন্সি খোংলোই
পুন্সিনা লৈখা তারবদা
চৎখ্রে ইনাক্তগী লাপনা
য়াইফবা লম্বী য়েংদুনা
তারমদায় পুন্সি নুমিৎনা ।।

---০---

# পেননাইদ্রবা মীওইবা

পেননাইদ্রবা মীওইবগী
হয়েংনা হংলি ৱাহং কয়া
পুন্সিনা খুমলি পাউখুম
তোর্ব্বনগী  লমহাংদা সংস্কারগী মৈরি
মৈরিদুগী মথক্তা চান্দোৱাগী জগোই
শিংখাই চুক তরুকপু
পন্দলি থৌরিনা পুনলি
শিংখল নাইনা পৈরিবা শিং
হিংহৌরিবা অদুনা চুরিবা মৈ
সংস্কারগী মৈরিগী মথক্তা
চনদোৱাগী জগোই
জগোইদুনা হায়রি
পেননাইদ্রবা মীওইবা
নখোয়গী অরোইবা পনখৈনি
য়দবনি করিসু পুবা
হয়েংনা হংলি ৱাহং কয়া
ঙসিনা করি খুমলিবা
পুন্সিনা খুমলি পাঙখুম
পেননাইদ্রবা মীওইবগী ।।

--০--

## কংখ্রবা শমজীগী গুলাপ

কংখ্রবা শমজীগী গুলাপ
লৈরাংগী ফজবা কৈদনো
লৈনম্না তাইবংদা তিল্লিঙৈ
থম্মোয়দা লৈনম ফাওরি ।
তাইবং চৈথেং কিদনা
কনাগী শমজীদা ঙাল্লম্বা
অব্রাবা কয়া খাংলম্বা
পুন্সি মীনোক য়াওদনা ।
কননা খাংগনি মৈচাক
করম্না হিংগনি অসুম
হিংশি হিংঙমদনা খাঙলম্বা
শমজীদা গুলাপ লৈনা ।।

--o--

# উফুল্লক্তা লৈরাং

উফুল্লক্তা লিরাং
কৈদনো শীঙেল
লৈখোক লোইরবোই
কেনখিনু লৈরাং
খোঙ্গুল্লক্তা তিনখিনু ।।
লৈখোক্কী চৈনা
খংদ্রবোই নহাক্তী
খোংগোইনরবা পুন্সিবু
তাইবং কনানা
য়েংদুনা লৈনিংগনি ।।
লৈহী য়াওদ্রবা
লৈয়োন নূঙদা
করি আশা
করম্বা য়েনিং
হিংনিংই ঐসু
নঙগুম্না অসুম
উফুল্লক্তা লৈরাং
কৈদনো শীঙেল ।

---০---

# ঐগী মিৎতা

ঐগী মিৎতা উই
মীনা কৃক-কৃক ইননরিবা
গাড়িতনা মখল শুনা
অচৌবা সহর অদুদা
নিংথিনা সেম সারবা
লম্বীদুগী ময়াই মক্তদা
নিংথিবা ফিজেৎ লৈতেংগা
জগোই শারি
মাগী জগোইগী শাথেক্তা
য়েংনরি মিৎফম হোংদনা
লম্বী ময়াম ফাংলিবা
সরক্তুগী ময়াই মক্তাদা
লেপ্তুনা য়েংলৈ
জগোই শাবীগী মতৌ
গাড়ি পরেং--পরেং
মাগী জগোইগী শাথেক্তা
লমজেল থাবা অমগুম
হানবা তান্নরি পাম্বুংফম ।।

---o---

# লাইমন

নুপীনা খ্বাইদগী অব্রাবা
লাইমন ওইবা মৈচাক্তী
লোইনবা মাগী নুপানা
অতোপ্পা নুপীগা লৈমিনখিবা
সিদগী হেন্না ব্রাবা
অতৈ অমা লৈতৈ নুপীগী
নুমিৎতুদা কাইখিবা থম্মোয়
করিগা পাঙ্খক ওইগনি
ওইহনখি মসিনা নুপীশিংদা
কোকওমদ্রবা লাইমনগী লৈনা
চোইনু নপানা মিৎ চোইনু
ইমুং মহি লাংবনি
লন থুম মাংবনি
ইরল ইথুম তাকপনি
য়ুম কাং-খোং চাইবনি
নুপানা নুপী লোনগনু
নুপীনা খ্বাইদগী অব্রাবদি
নুপানা নুপী লোনবনি
নুপীনা খ্বাইদগী অব্রাবনি।।

-- ০ --

# ঙকই

ঙকই পুঙক ঙকই
করি অমুক হায়রুগানি
হায়নিংঙাইসু লৈতরে
অদুবু কাওরোইদবা অমদি
নিংশিংদুনা অদুম লৈহৌরনি
ঐনা থজবা মহাক্না
খ্বাইদগী চাওবা মীনম্বা
ঙকই ঐ ঙকই
মহাক ওইরম্বা অসিনি ।।

--OO--

# লৈসিবু

শাৎলি লৈ খরা
সুমাং মচি ময়াদা
থৎলি মখুৎনা পৎ- পৎ
প্রকৃতিগী ওইবা লৈ
মপান্দা মচি ময়াদা
ফজরবা লৈ কয়া অমা
ফজৈ য়েংবদা নুংঙাই
পাইদুনা য়েংনিংবা লৈসু য়াওই
হেক্তুৎতুনা য়েংনিংবসু ম[illegible]ওই
চুন্না য়েংবা ঙমলতে
ফাওরকই পুক্লিংগী অপাম্বা
ঙাইহাক পামলুই থম্মোয়দুদা
লৈনমদুদা লৈশক্তুদা ঐ
অদুবু লৈনম চেন্দবা
চেনা শাবা লৈদুনা
নিংথিরবা য়ুমগী কাদুদা

---০---

## ঐ ইন্দীয়ান্নি

ঐ ইন্দীয়া মচানি
সেংলবা ভারতকী নাগারিক
অৱাং নোংপো ঙমখৈদা
পিক্লবা ষ্টেট মনিপুরদা
খোইরি নাওফম তাফমনি
ঐ ইন্দীয়া মচানি
সেংলবা ভারতকী নাগারিক
ইজাতিদি ঐ মৈতৈনি
ইজাতিদি ঐ হিন্দু
ইজাতিদি ঐ মুস্লিমনি
ইজাতিদি ঐ খ্রিষ্টান্নি
ঐ ইন্দীয়া মচানি
সেংলবা ভারতকী নাগারিক
নুংশিরবা ঐগী পোক্লফম
ঐ ইন্দীয়া মচানি
সেংলবা ভারতকী নাগারিকনি ।।

---o---

# নোংমা

নোংমা তাইবঙদা
নোংমা লাকখি
নোংমা ঐসু
নোংমা মিৎ
নোংমা উখি
নোংমা উপ্পা
নোংমা ফম্বা
নোংমা ঙমখি
নোংমা ষন
নোংমা শাই
নোংমা হৈনা
নোংমা তম্বীখি
নোংমা চৎপা
নোংমা ঙমখি
নোংমা চাক
নোংমা ইনখি
নোংমা ইমানা
নোংমা ঐবু
নোংমা লাইরি
নোংমা তাকপিখি
নোংমা স্কুলদা

নোংমা মিং
নোংমা চনখি
নোংমা মতম
নোংমা কয়া
নোংমা হৌখি
নোংমা অঙাংদগী
নোংমা পখং
নোংমা লৈশাবী
নোংমা ফাখি
নোংমা ঐগী
নোংমা নুংশিবা
নোংমা থেংনখি
নোংমা খংহৌদনা
নোংমা থম্মোয়দা
নোংমা ফওনখি
নোংমা চিঠি
নোংমা পিখি
নোংমা মনা
নোংমা ঐগীদমক
নোংমা লেপখি
নোংমা চেনখি
নোংমা লুহোংখি
নোংমা পুন্সিদা
নোংমা থেংনরকপা
নোংমা অব্রাবা

নোংমা নুংঙাইবা
নোংমা শাওনিংবা
নোংমা নোকন্নিংবা
নোংমা কপ্লিংবা
নোংমা হায়রমদনা
নোংমা চৎখিরমই
নোংমা পুন্সিসে
নোংমা হিংনিংঙক্কবা
নোংমা য়াওখি
নোংমা লৈবাক্কী
নোংমা ব্রাথোক
নোংমা কয়া
নোংমা থোরকই
নোংমা শিখি
নোংমা লেপ্তে
নোংমা বোম
নোংমা লম্বী
নোংমা ফুমলমই
নোংমা পোখাই
নোংমা মীয়াম
নোংমা শিখি
নোংমা সোকখি
নোংমা লালহৌবা
নোংমা কয়া

নোংমা থোরকখি
নোংমা ফাখি
নোংমা মাংখি
নোংমা লৈরম্বা
নোংমা থেংনরকই
নোংমা মফম
নোংমা কয়াদা
নোংমা পাও
নোংমা তাবদা
নোংমা কিখি
নোংমা থব্রাই
নোংমা ব্রানখি
নোংমা করমনা
নোংমা থৌকলগবা
নোংমা কিনরকই
নোংমা অসুম্না
নোংমা লাইরিক
নোংমা ইবা
নোংমা হৌখি
নোংমা শৈরেং
নোংমা ঈশৈ
নোংমা দ্রমা
নোংমা লিলা
নোংমা ব্রারি
নোংমা মচা

নোংমা উপান্যাস
নোংমা লমকোই
নোংমা ফুংগা
নোংমা ৱারিশিং
নোংমা কবি
নোংমা শৈরেং
নোংমা থিখি
নোংমা ঐগী
নোংমা লাইরিকসু
নোংমা নম্বা
নোংমা প্রেসতা
নোংমা লোইখি
নোংমা ফোংখি
নোংমা লাইরিক্কী
নোংমা মরমদা
নোংমা ওজা
নোংমা অমনা
নোংমা ঙাংখি
নোংমা মখোয়না
নোংমা নৈনখিবা
নোংমা মখোয়না
নোংমা কবিগী
নোংমা মপোক
নোংমা কুম্মোল
নোংমা পাংথোকখি

নোংমা মনা
নোংমা ঐখোয়না
নোংমা ওকখি
নোংমা অইবদা
নোংমা শানবদা
নোংমা কলচরদা
নোংমা মীওইদা
নোংমা অঙকপা
নোংমা থোকখি
নোংমা অমগা
নোংমা অমগসু
নোংমা কাংলুপ
নোংমা ইরাং
নোংমা কয়া
নোংমা শগৎখি
নোংমা মীফম্ভবা
নোংমা খরনা
নোংমা থোকহনখি
নোংমা ইরৈপাক
নোংমা মচাশিং
নোংমা থৌনা
নোংমা ফনা
নোংমা চোংথোকরকই
নোংমা শিদ্রিফাওবা
নোংমা চরা

নোংমা হেনখি
নোংমা মীহাৎপা
নোংমা য়ানিংদে
নোংমা শার্মিলা
নোংমা লেপখি
নোংমা ঙসিসু
নোংমা মথন্তা
নোংমা মৈ
নোংমা থাখি
নোংমা মথন্তা
নোংমা ছাত্রা
নোংমা মৈ
নোংমা থজরকই
নোংমা মতম
নোংমা চানা
নোংমা কনখি
নোংমা জুন
নোংমা তারনিপান
নোংমা হৌরকখি
নোংমা মীশিং
নোংমা তরানিপান
নোংমা শিখিবা
নোংমা মীয়াম
নোংমা ঙকখি
নোংমা মীশিদুগী

নোংমা ব্রাথোক
নোংমা ওইখি
নোংমা অমুক্তাসু
নোংমা থোকখিদবা
নোংমা মীওইবদা
নোংমা কংলাগী
নোংমা অশাম রাইফল
নোংমা লৌথোকউ
নোংমা ঈহৌদুগী
নোংমা নুপী
নোংমা ইমা
নোংমা খরা
নোংমা মফি
নোংমা য়াওদনা
নোংমা চংসিনখি
নোংমা লেপ্তুনা
নোংমা ইরাংসু
নোংমা লেপ্তে
নোংমা চীংগী
নোংমা লানহৌবা
নোংমা খরনা
নোংমা মনিপুরগী
নোংমা চীংগী
নোংমা শরুক
নোংমা খরা

নোংমা অতোপ্পা
নোংমা লৈবাক্তা
নোংমা পুল্লগে
নোংমা হায়দুনা
নোংমা লম্বী
নোংমা মতম
নোংমা কুইনা
নোংমা বন
নোংমা তৌখি
নোংমা ঐখোয়গী
নোংমা মরক্তাগী
নোংমা খবনা
নোংমা লৈবাক
নোংমা কাইনবা
নোংমা সিনবা
নোংমা সোইদনা
নোংমা ওইরই
নোংমা ময়েক্কীদমক
নোংমা লাইভ্রেরী
নোংমা মৈ
নোংমা থাখি
নোংমা মীয়াম
নোংমা শাওখি
নোংমা নোংমগী
নোংমা থৌদোক

নোংমা ৱাথোক্লা
নোংমা লৈবাকসে
নোংমা প্রজশিংসে
নোংমা সোইদনা
নোংমা শাওরকখি
নোংমা ইখং
নোংমা খেংহৌদনা
নোংমা ঐগী
নোংমা কাইনখ্রবী
নোংমা থেংনখি
নোংমা মানা
নোংমা কপচখি
নোংমা লকই
নোংমা উনখি
নোংমা চংখি
নোংমা য়েংলকই
নোংমা য়েংলকখিদে
নোংমা উসন্নদে
নোংমা ায়খিবদো
নোংমা অদুম
নোংমা নিংশিংই
নোংমা ঐসু
নোংমা কপখি
নোংমা মাগীদমক
নোংমা অৱাবা

নোংমা তাখি
নোংমা অসুম্না
নোংমা মতম
নোংমা কয়া
নোংমা হৌখিদুনা
নোংমা মীওইবগী
নোংমা পুন্সিসে
নোংমা তাইবংগী
নোংমা ব্রাংমদা
নোংমা সোইদনা
নোংমা চৎখিগনি
নোংমা খল্লুবদা
নোংমা ব্রাদবা
নোংমা ঙমলন্তে ।।

---০---

# লৈবুং লান

মিং ওললু নহাক
নত্রবদি নহাক শিরগনি
অৱাইবনি মীগী মিং
লৈজৈ ঐখোয়গী মিং
ইপা ইপুশিংনা কৌনরম্বা
তোম্বা-তোম্বী চাওবা-চাওবী
শম কোই খাকউ
থাইনা ইপা ইপুগুম
খঙহনসি ঐখোয় ইজাৎতি
চৎসি ওলেম্পিক্তা
ৱার্লড কপ কয়াদা
খামেন চৎপা ফিজোল সেত্তুনা
অদুতনা ওইগনি শক্তাকচবা
ওললু মিং ওললু
নত্রবদি শি উবরা
শিবগী চৈরাক ফংগনি
ওনলু মিং ওনলু ।।

--০--

## পাৎ অমদা

ঙা ফাবা মী খরা
কুমথরকই ফারগে খননা
লূ-লাং তাইজেপ
ঈশিং মনুংদা লৈরিবা ঙা
অমত্তা চিথদনা ফারগে খননা
থৎলি ঙাগী চেনফম খুদিং
কাবো-লূ সোরা-লূ
তাওথুম-লূ তাইজেপ-লূ
চেনফম লৈতে ঙা
ইচম চম্বা ঙাদো
লূ-মনুংদা ফাদোপ তাই
ঙানা চোংই ফ্রিং-ফ্রিং
উপাই লৈতনা লু মনুংদা
মোমোল নোকই ঙাফাবা ।।

--o--

# সুভাদ্রা

পান্দু নিংথৌ মপারি পঞ্চ পান্দব মঙানা,
ইন্দ্রপ্রস্থ কোনুংদা পাল্লি হরাও তয়াম্না ।
যুধিষ্ঠির ময়াম্বা' রাজা নিংথৌ খুবমনি ।
য়েক্না-ঙম্বা ভীম অর্জ্জুন প্রলয় যমগী শক্তমনি।
নকুল সহদেবসু মপা লৈত' রথিনি ।
সতী-থোইবী দ্রৌপদী মঙা-তাল্লোয়ব্রাবীনি।
ইন্দ্রপ্রস্থ কোনুংদা মতৌ অসুম তৌদুনা,
নুংঙাই-য়াহফ লৈরকই য়েক্ন-তিল্খং লৈতনা ।
ব্রহ্মা ঋষি নারদ' নোংমা' কোরৌ নুমিত্তা,
বীনা য়ন্ত্র খুত্তা পায়' লাক্লে নিংথৌ সভাদা ।।
মচীল মনাও সঙানা মুণি চেংলৌ উরদা,
কোংয়াং চৈশু তাবগুম ভক্তি কচ্চৈ চরন্দা।
তাকপিয়ুনে মুণিও ! লেঙবীরকপা করিগী,
ঙসি কোরৌ নুমিত্তা, সভা-সিদা ননাইগী ।
পুন্সি মহৈ য়াল্লেনে ননাই ঐখোয় মঙামক,
করি তাকপীগদবা তাকপীরোনে হৌজিকমক ।
পান্দব মব্রা তাবদা ব্রহ্মা ঋষি মহাক্না,
য়াব্রা পাওমেন্নরকই খোয়রুম মোমোন মীনোক্না
নরদ ঐনা লাকপা ঙসি কোরৌ নোংসিদা ;
সতী কুন্তি মপারি! অতৈ করিমত্তা নত্তেদা ।
তাল্লোয় অমখক্তনা নিপা মঙা' সেবা তৌ'
অরায়' থবক নওেদো; চুমদবরা ব্রাখল তৌ ।
নুপীদগী ওইবনি লৈবাক ব্রাথোক ওইবসু ।
মফম মতম খুদিংদা তানরিবা ঙাক্তনি।

লঙ্কা লৈবাক তুমখিবা সীতা মহাক থাক্কিনি।
হিংচা' শাগৈ অথোইবা সুন্দ উপসুন্দনি।
য়াইবী থব্রায় মঙনা তিলোতমা মাগীনি।
নখোয় মঙামজসু অদুম' থোক্লোই হায়ঙমদে।
নোংদম্বগী নোংদম্বু কনা' খঙবা ঙম্লদে।
কুরু শাগৈ' লজ্ঞগী অথোইবা নখোয়দি
দ্রৌপদী মহাকথক্কী য়েৎন-পরৈ থাংননী।
উনবা পূক্লীং তপ্লৌদো নিয়ম ব্রায়েন পীরমগে।
ব্রাখল থম্মোয় শেংদোক্লা ব্রাহৈ মন্ত্র তাক্লগে।

"চহী কুমজা অমমম, পান্দম নখোয় মঙাগী,
নরান মোংবা নশাইগোন ওইনৌ মবেম্মা য়ুমগী,
চহী কুমজা ফাদ্রিঙৈ 'কনাগুম্বা অমনা,
নিয়মক ব্রাংমা লাল্লবা, দন্দিফংনি মহাক্লা।
চহী তরানিথোইবু লৈবাক কোয়বা ওইসনু।
নিয়ম কায়না চৎপগী অব্রা' দন্দি ফংসনু।

নিয়ম তাকপীরম্লগা ব্রহ্মা ঋষি মহাক্লা।
লাইরৈবাক্তা হনখরে, মতৌ অসুম তৌদুনা।
নারদ য়াথং ঙাক' হরাও-লিংজেল মান্ননা।
চহী কুমজা কয়া পাল্লে পঞ্চ পান্দবনা।
চীংঙু লাইগী লৈবাকুম ব্রাও-পাদ লৈবাক্লী।
য়েংঙু-য়েংঙু' খুদীংদা ফজবগী শক্তম্লী।
স্বর্গ পর লাইরৈপাক চীংঙু খোয়ুম লৈবাকুম,
য়েংঙু' মফম পুম্নমক ঙকই মিত্রং মতৌগুম।

চীংঙু মাগী খুৎশীন্নি; খোইয়ুম মাগী থৌরাঙবু,
খঙবা ঙমদে কননা ; শাম্নে জীব' পুম্ববু।
নোংমা কোরৌ নুমিত্তা ব্রাহ্মন অহল অমনা,

কপ্লদুনা হায়রকই অর্জ্জুন মাগী মফমদা।
পিরোয়নবা ব্রাহৈনা হায়রকই অর্জ্জুনদা।
তাবিয়ুনে ইবুঙো! অর্জ্জুন কোলোয় পাঙ্গনবা।
ঠাকুর সেবা তৌনবা ষণবী' মখল লৈজবা,
হুরান্দুনা পুবিখ্রে ডাকু কাঙবু খরনা।
হৌজিক্তমক মঙায়খ্রি তান্নবিরোলাও থূনা।
ব্রাহ্মন' মন্না তাবদাফ লীসু হৈবা অর্জ্জুন্না,
খুৎলাই শঙদা তম্লক্লে, খূৎলাই লৌগে হায়দুনা।
খোয়ুম মাগী নোংদম্না খুৎলাই শঙগী মনুংদা,
দ্রৌপদী যুধিষ্টির, অনী লৈবা উরেদা।
মমাই ওন্না থোরক্লে! অর্জ্জুন চঙবা য়াদ্রেদো।
মতৌ অদু উবদা শাওবা থেংলে ব্রাহ্মনদো।
মীৎলু পিরাং ঈহৌনা কোলোয় মপাও লাওরকই।
"করি তৌরে ফালগুনি?" শাওরদুনা হায়রকই।
নরৈবাক্তা লৈরগা হূরান-চীষ্টী মীনম্বা,
য়ায়তোঙ-খমদোঙ নখোয়না ফাবীবসু ঙমদ্রবা।
রজা নিংথৌ ওইবনা অচুম-অরান তৃংওইননা,
প্রজা ব্রায়েন তৌদ্রবা করি তৌনি লৈদুনা।
লৈবাক'সিদা লৈরুবৈ করি কান্নরুগনি।
লৈবাক অসি থাদোক্লম' খূলহোংবনা ফরনি।
ব্রাহ্মন মতৌ উবদা ফুম্বঙ্নরে অর্জ্জুনদো।
খূৎলাই-শঙদা চঙদুনা খূৎলাই তল্লৌ লৌরেদো।
খূৎলৈ থুনা ধনঞ্জয়' থুনা য়াঙ্না চত্তুনা,
হূরানবদু হাত্তোক্লম'লাক্লে ষণবী পুদুনা।
হরাওজরে ব্রাহ্মন'দো মাঙখ্রবা ষণবী ফংবদা।
পীরম্লগা আশির্ব্বাদ, হনখ্রে ময়ুম মায়কৈদা।

*গান্দিববু খূৎশুবা তেন্সুহৈবা অর্জ্জুন্না,*
তপ্না-তপ্না চঙলক্নে মরুলৈ-দা লুক্তুনা।
যুধিষ্টির মনাক্তা চঙলক্তুনা নোল্লুকচৈ।
ইকাই-নুংশি য়াম্মনা ব্বারী' পুম্বা হঙ্গচ্চৈ।
তাবিসীনে য়াম্বুংও ! তোল্ল'ননাও অর্জ্জুন্না,
ঙসি কোরৌ নুমিত্তা লানখ্রে য়াম্বুংদা ঐনা।
অসোয়-অরান'ঙাকপিযু য়াম্বুং স্না চরন্না।
চুমদা থবক তৌখরে নারদৈ নিয়ম থুগাই'না।
বনগী মায়কৈ তমখ্রে ঙসি কোরৌ নোংশিদা।
বিদায় পীনবীরোনো খুরুমজরি চরন্দা।
কোলোয়রকই যুধিষ্টির অর্জ্জুন য়াব্বা তাবদা
করিব্বনো ফাগনি, নুংশি হৈত'মাল্লিদা।
'দূবু দোষ কৌবরা? কৈসু লৈত'দৃগীবু।
বনদা চৎপা হৌনব্রা থাদোক্তুনা 'খোয়বু।
ফনা খামই যুধিষ্টির, য়াবা লৈতে অর্জ্জুন্না।
হঙ্গচ্চেদো কিরিটি পিরোয়নবা য়াব্বানা।
য়াম্বুং'বূংঙো নুংশিবা তাকপিরিবা পুন্নমক,
ননাও ওইবৈ প্রেমদুনা হায়বিবনি মদুমক।
মালেম লৈবাক অপেৎপা খূৎমেৎ চানা মেত্তুনা,
অপাম চরৈ নমখাঙদা শঙনীং 'মওঙ 'তুংইন্না।
অহৌ 'চরৈ নমখাঙদা শাঙনীং' মচু শঙ্কেনদো,
মানা-মানা পাজবা মখল-মথেল মচুদো।
ধর্ম্ম মাগী মরমদা অপাম' মওঙ' মতুংইন্না।
অঙৌ' চরৈ নমখাঙদা শঙনীং মচু শঙনৈদো,
ধর্ম্ম-মাগী মরমদা অপাম' মওঙ শেম্বদী,
ধর্ম্ম হিংসা কৌইদো পামজদেনে মাদুদি।

বনগী মায়কৈ পাংলগে নিয়ম কায়দননবা,
চিংন' পরৈ থাংদনা বিদায় পীনবিরোবা ।
অসুম তৌনা অর্জ্জুনদো যুধিষ্টির' চিংবদা,
লোইনা বিদায় নিজরে, মচীল মনাও' পূম্বাদা ।
রাজা চিত্রবাহনগী মমোম চিত্রঙ্গদানি
তালোয়'শিংদা চন্দুনা লৈ'বা চহী অমনি।
'দূদুগী 'মুক লাকপনা খা-সমুদ্র য়ৌরক্লে।
মফম খূদীং অর্জ্জুনা ঈরু মায়থজারাক্লে।
খরা চৎলে হায়রগা 'দুদৈ অমুক লাকপদা,
পঞ্চতীর্থ মিংগৌবা থূং'লৈ মফম অদুদা ।
মফম'দূদা লৈরম্বা হায়নরম্মী মূণি'না,
"থীর্থ'সিদা লূপচবা ফংলবদি তাইবঙনা,
অশ্বমেধ ষঞ্জগী মহৈ ফংঙি মহাক্লা"।
নাপী-শীংনা কয়ানা কূপশিন্দুনা লৈখরে।
কয়া' শোঙলে মফম'দো ঈশিং মশক উদরে।
ঙক্লদুনা অর্জ্জুন্না হংজৈ মুণি ঋষিদা।
"তাবিয়ুনে ঋষিশিং তাকপিয়ুনে ননাইদা ।
অসুক মগুন চাওরবা তীর্থ'সিদা করম্না,
চঙনদ্রিবা 'তাকপীয়ু নমু তাইবঙ জীবনা"।
মুণিশিংনা হায়রকই অর্জ্জুন মপাও তাবদা ।
"কুমভির ঙাক্তা লৈবনি তীর্থসিগী মনুংদা ।
তারো কুন্তী মপারি ! কুম্ভীরবু কিবনা,
মফম'সিদা চঙনদে নমু তাইবঙ কননা।
মীনিল তাবা য়াদ্রবা চাওর'কুম্ভীর ঙাক্তনি।
চঙলুগনু কিরিটি খুদোংথিবা থোক্কনি।"

ইন্দ্ররাজ মপারি 'অকিবনা' কিরবা,
চণ্ডশিল্লক্লে অর্জ্জুনদো অকি শরুক থুংদ্রবা।
সৌভদ্র কোলোয়নবা তীর্থদুদা কুমলেদো।
অকি'মচেৎ পত্তুবা, লাই কিদবা অর্জ্জুনদো।
ক্ষেত্রি শাগৈ'লক্তগী অথোইবা মহাক্লি।
চিংনৱাখল লৈতনা স্নান তৌরেদো ফাগুনী।
মীনিল খোল তাবদা কুম্ভীরদো থোরক্লে।
ময়া কাথোক্লদুনা অর্জ্জুন' মখোঙ উম্লক্লে।
সুপকোন কোন্সিল্লদুনা কুম্ভীরবু অর্জ্জুনা,
কংফাল তানা চোংখৎলে পাংগন কনবা মহাক্লা।
কংফাল য়ৌবা কান্দদি কুম্ভীর মুর্ত্তি থাদোক্লে।
মশক মতৌ ফজবী নুপী শক্তম ওইরক্লে।
ঙক্লদুনা অর্জ্জুন্না হংই নূজা মঙোনদা ।
'হায়য়ু তাসী নীংথিবী ! তম্মু নপাও ঐঙোন্দা।
কুম্ভীর' শক্তম লৌদুনা লাইজ নূংদা লৈরম্বা
মরম করিদগীনো? হায়য়ু তাশি অশেংবা"।
কোলোয়রকই নিংথিবী, অর্জ্জুন মপাও তাবদা।
"তাবীয়ুনে কৌন্তেয় ! ইপাও তমগে নঙোন্দা ।
কুবেরগী মনাইনি জগোই সাবী ঙাক্তনি।
অসুম তৌনা লৈরিবা নুপী ঐখোয় মঙানি।
লীগে তারো ৱারী'সে পাংগল কনবা মঙোন্দা।
লাইবক থীবী ঐখোয়গী ওইখিবদু নোং'দুদা
নোংমা কোরৌ নুমিত্তা তপবনদা লাইনিংবা,
মুণি অমা লৈরই, মতীক মগুন চাওরবা।
নহা ওইবৈ হৌনবা ঐখোয় মঙা অদুনা,
মুণি মাবু লক্লরুই হেদোই হেরাও কাদুনা,
খোয়শাওনরবা মুণি'দো মখা ক্রক-ক্রক- চাক্লকই।

ঐখোয় মঙা' য়েংদুনা ব্রমাশাপপু তৌরকই।"

"ব্বারক্তবী ওক্তবী ! নখোয় মঙা তাজরো।
কুন্তীর' শক্তম ওন্দুনা লাইজ'নূংদা লৈরুরো।
শাপান্তকতি তাকপিগে অদুম অদুম ওইনবু।
কনাগুম্বা অমনা নখোয় মঙা অসিবু,
লৌখৎপিরক্লবদি লাইজ ঈশিং'নূংদগী।
তীনখোকচবা ওইদুনা মর্ত্তি পংজৌ তাইবঙগী"।
লম্বী লমসাং লাকপদা বীথিমাগী নোংদম্না,
ব্রহ্মা ঋষি নারদা তাকপিরকই মহাক্লা।

"মতম খরা লৈরুরো কুন্তীর শক্তম লৌদুনা।
পান্দু মচা অর্জ্জুন্না তীর্থ কোয়বা লাক্কনি।
অর্জ্জুন খূৎনা শোকপদা ব্রহ্মশাপতো কোক্কনি।"
নারদনা তাক্লম্বা ব্বাফম অদু শোয়দরে।
নঙগী খূৎনা শোকপদা ব্রহ্ম শাপতো কোকখ্রে।
নুমিৎ থানা ঙাল্লি'খৈ অর্জ্জুন নঙগী নগুন্না,
শোন্নহৌবা ওইসনু মালেম পৃথিশীন থুংনা।
অতোপ'তীর্থ মরিদা ইতা মরি লৈবনি,
কনবিরম্মু নহাক্লা মখোয়বুসু ফাগুনি।

তীর্থ মরি মক্তগী থৌজান হৈবা অর্জ্জুন্না,
মখোয় মরি অদু'সু কনবীরম্লে অদুম্না।
অরান'খুবম ফংলবী কুন্তীর মরি অদুনা,
লাইরৈবক্তা হনখরে হানৈ মুর্ত্তি পদুনা,
শেংদোক্তুনা থনম্লে য়েক্ল' ওম্বা অর্জ্জুন্না।
তীর্থ কোয়বা থোরক্লে ইন্দ্র' ওম্বা অর্জ্জুন্না।
প্রভাস তীর্থদা অর্জ্জুন কৃষ্ণ উবদা
গোকর্ন্নদা চিংলবা তীর্থ মফম কয়াদা,
জগৎ ওম্বা অর্জ্জুন মথং-মথং লাক্লেদো।

'দুদৈ অমুক লাকপ্দা ভাকত বর্ষৈ নোংচুপ্তা,
প্রভাস কৌবা ভীর্থদা থুংলরেদো খূদক্তা
খঙদা উদা লৈতবা থৌজাল লৈবা কৃষ্ণনি ।
অমম্বসু মহাক্লী অঙানবসু তাইবঙ জীবনা,
অব্রা নুংঙাই' লীলাবু য়াওরি মতম লেপ্তুনা
ওইরক্তবা ওইরিবা ওইখ্র' পুম্না খঙবনি।
মনাই' কৃদুম চল্লবা বিশ্বজগৎ মপুনি।
প্রভাস কৌবা তীর্থদা অর্জ্জুন লাক্লে খঙদুনা।
দ্বারিকাগী মবুঙো কৃষ্ণচন্দ্র মহাক্লা ।
অর্জ্জুন মানা পেন্নবা খুজীল থৌরাং তৌখরে।
মদু শাগৈ পুন্নমক খোম্লদুনা থাখরে।
রৈবতক-কি চীংথক্তা নখোয় পুম্বা চৎলম্লো।
অচা-অথক পূরম্মু লৈতেং-নূংদেং শেম্লম্লো।
চোপ্পা য়াবা নত্তেদো ইতাও অর্জ্জুন লাকপদা ।
য়াথং পীখ্রে কৃষ্ণনা নুপী-নুপা খূদীংদা ।
নুপী-অঙাং খাক্তনা অহল-লমন খুদীংমক,
য়াথং মচেৎ ফংবদা হরাওনরে পুন্নমক ।
অচা-অথক কয়া পূই, লৈতেং মখল কয়ানী,
ফজনবা শেম্বগী খূৎহৈবনা লীশিংনি।
ব্লাত্ত-পাদ' পূদুনা পূন্নমক্তো চৎখরে,
রৈবতক-কি চীংথক্তা হরাও তয়াম্নখরে।
যদু-শাগৈ' পুম্বদা কৃষ্ণ য়াথং তৌরম্লে ।
দারুক মাবু কৌদুনা দোলায় সাজন তৌহল্লে।
তীল্লগনু ধারুকও ! ঙসি কোরৌ নোংসিদা,
অর্জ্জুন অদো থুংলরে প্রভাস কৌবা তীর্থদা।
প্রানমক্তা মান্নবা ঐগী পুন্সি মরুনী ।
তূম্বা-হীপ্পা চাবদা কাওঙমদবা মহাক্লী।

বসুদেব' মপারি বনমালি কৃষ্ণনা,
দোলায়থম্ভা লেঙখৎলে দারুক মাগা লোয়ননা।
মাল্লং মমাঙ থাদুনা দারুক' দোলায় থোরক্লে ।
প্রভাসকি লম্বীদা মতৌ অসুম' লেঙলক্লে ।
অর্জ্জুন মানা নৈরিবা প্রভাস কৌবা তীর্থদা,
কৃষ্ণ দোলায় থূংলরে খূদক অদু মম্ভাদা ।
কূমজা কয়া উদ্রবা, তাম্ন' লমদম অদুদা,
মতু চংই অর্জ্জুদো মবুঙোবু উবদা।
মিৎলু নাপোম অনীদা নীক-নীক লাওখ্রে পিরাংনা।
কৌজরকই কৃষ্ণবু তরাং ঈরা চেন্দুনা ।
লাপ্লিঙৈ -দৈ কৌনৈদো পাম্বোম ব্রাংনা থাংগৎনৈ।
তনিক্লবা স্বরনা "ইতাও! ইতাও!!" মিংগৌনৈ।
অর্জ্জুন মান পৃথিদা, কৃষ্ণ মানা দোলায়দা ,
দোলায়দগী চোংথ্ররক্লে নকশিন্নর' মতমদা ।
ব্রাঙাঙনদে অনীমক চেৎনা চান্না কোম্সিন্নৈ।
মিৎলুদগী তারকপা পিরাংতনা পাওদম্লৈ।
কোকিল' স্বর' ঙমজবা নুংশিরবা য়ব্রানা,
ব্রারৌরকই কৃষ্ণনা মনাই অর্জ্জুন য়েংদুনা।
করি থবক' লাক্লিবা, কদাই কদাই' য়ৌরুরে,
হায়য়ু তাসী মরুপ্লোয় নপাও তাদ' কুইরে।
কোলোয় মপাও তম্লকই তনিক্লবা খোঞ্জেন্না।
ইন্দ্ররাজ মপারি অর্জ্জুন কৌবা মহাক্না ।
ব্রাহ্মনগী ষণ হূখিবা, খুলাই' শঙদা চঙলুবা,
দরুপদী যুধিষ্ঠিরবু খূৎলাই' শঙদা থেংনবা"
ব্রারী পূম্বা তমজরে চীখ নাম্থ' লৈতনা ।
ইবুংঙোগী মফমদা, মথং মনাও কায়দনা ।

ফরে'দুদি ম্রুপ্লোয়, যদু শাগৈ ময়াম্না,
রবতল-কি চীং'থক্তা লৈরি নঙবু হাইদুনা ।
নহাক লাকই তাবদা রৈবতক-কি চীং'থক্তা,
উৎসব মেলা তৌরিদো অর্জ্জুন নঙগীদমক্তা ।
অসুম হায়রদুনা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীমক,
দোলয়থক্তা কাখৎলে খূদক্কুদা থুনমক।
শাথৌ হৈবা শারথি দোলায় থৌবা দারুক্না,
দোলায় অদু থৌরক্লে' মাল্লং মমাঙ থাদুনা ।

## রৈবতক চীংগী ফজবা

রৈবতক-কি চীংথক্তা কৃষ্ণগী য়াথং' তুংইন্না,
শেম্বা শাবা লোইখরে অদু' মীয়ামশিং-দুনা।
মশিং লাকপা ঙমদ্রবা যদু' শাগৈ মীয়ামদো ,
ঈরাঙ লাঙনৈ পুন্নমক কানবু পোখদেদো।
চান-থক্রবা থবক্তা খর'মনা হোৎনরি।
কনাগুম্বা খরনা লম্বী শেম্বা হোৎনরি।
থৈবোঙ হৈনৌ খোংনাংনা হৌখ্রি পরেং লেংদুনা।
তমাল ক্যামলৈ চীংসুউ মশীং তানি কননা।
য়ুবী, যাম, হৈগ্রু, বোরোই, কন্না' মশীং থাগনি।
চীংগু মাগী তাইবঙনি খোয়ুম মানা শেম্বনি।
মখূৎ হৈবা কয়ানা মখল মখা শেম্বনি।
প্রকৃতিগী খূৎশেমদা তাইবঙ খূৎশেম হাপচিল্লে।
পামেন উজাও পূন্নমক মখোঙ খূদীংদা,
অঙৌ' চরৈ য়েৎশিল্লে ফজখরে য়েংবদা ।
অঙৌ' অশাং য়ানশিল্লে পরেং পরেং কয়ানী।
অখোয়-অরাক লৈত্রবা চুম্ন লম্বী অদুদা,

ঙৌর অশাং য়ানশিল্লে পরেং পরেং কয়ানী।
লম্বী নাকল অনীদা মচু কয়া লৈতেংনা,
পায়মা পুক্লীং নুংওল্লী য়াল্লি পরেং পরেংনা ।
মনম নুংশিখ্রবা চন্দন মখল কয়ানি।
আগুর-কুঙ্কম কঞ্জরী যাবট, রক্ত চন্দননি।
চন্দন মখল কয়াবু পুল্লপ পূন্না তক্লেদো,
মফম মফম খূদীংদা লম্বী থক্তা চাইরেদো।
চন্দন মখল খূদীংদা লম্বী' থক্তা চাইরেদো।
চন্দন মনম ফংবদা খোইমুশিংগী মপৈনা,
তাইবঙ পুক্লীং নৌহল্লি গুন গুন হায়বা শবনা ।
স্বর্গপুর লাইরেবাক মতৌ অসুম তৌখিদ্রা?
ওম্ভোক্লসু ফজরে চাংদম্লীংঙাই লৈখিদ্রে ।

মপু শৈশক শৈইন্না বসন্তা মতম ওইরক্লে।
হৈপাল লৈপান পূন্নমক মনা মপাল শাৎলক্লে।
লৈশক লৈচু মান্নদে সীঙেল লৈরাং কয়ানী ।
জাতী-যতী নাগেশ্বর -চিনি মম্প্রা লৈরাংনি।
মরীচৎপী মাধবী শীঙেল লৈরাং উরীরৈ।
তল্লা পামেন লৈরাংদা লৈরাং শায়োন লৌখরে ।
নমু তাইবঙ জীবনা শীঙেল লক্তা তিনখরে।
লৈরাং পামেন উশাদৈ শীঙেল চরোং হেক্তুনা।
অমনা 'মদা পীনরি খাক্লা-খক্লা নোক্তুনা ।

আগুর-কূঙ্কম-কসচৌরি মনমতনা হারবী,
নুপী ঙাক্লী ময়ামদো শীঙেল শক্তম্নরবী ।
চন্দন মনম তাবদা মমায় থকপা খোইমু,
কোয়তান-তান্না ঙাংলরি লৈরাং শাৎলৈ খন্দুনা।
নুপী ময়াম অদুনা পাখত্তুনা চেন্নরি।
অউবা ময়ামশিং 'দূনা ব্রাব্রা-ব্রাব্রা নোক্লরি।

লৈরিঙৈগী মতমদা মতৌ অসুম তৌদুনা।
কৃষ্ণ অর্জ্জুন থূলরে, দারুক' দোলায় থৌদুনা।
অর্জ্জুন লাক্লে তাবদা যদু শাহৈ মীয়মদো,
অর্জ্জুন ওক্কে হায়দুনা ব্রাব্রা-প্রপ-প্রপ চেন্নৈদো।
কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীমক দোলায় 'মদা তোংমিন্নৈ।
অকনবগী মৃত্তিনী নোশা সাবান শক্তক্লে।
কুচু শংবানরবা শকওঙ শক্তম মান্নরি।
কিরটি কুণ্ডল লৈতেংই বনমালা নীংথিরি।
মনি রতন কয়ানা নীংথিজরি ঙকশমদা।
সন্না ফীগে থৌল্লীদো পূক্লী হূইদো য়েংবদা।
ঙাঙ্গেন্নবা চীম্বান্দা মোমোন মীনোক তম্বদি,
নাপনা ময়াই চন্দ্রাল্লী, নাব্রাংলবী যুভতী'।
য়েক্লবনা উরগা প্রলয় যমগী শক্তম্লী।
নুংশিনা উরগা শামুমচা মক্তনি।
মানখরে ওন্থোক্লা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীদো।
কৃষ্ণ মাবু অর্জ্জুননী, কনামনা হায়নৈদো।
অর্জ্জুনবুনা কৃষ্ণনি হায়রকইদো কনানা ।
অর্জ্জুন' য়েংগদবগী ত্রুক-ত্রুক ঈন্নৈ মীতনা।
ইন্দ্ররাজ মপারি দোলায়দগী কূমথরে।
বসুদেব মহাক্কী চরন'ভক্তি কচ্চরে।
অব্রা-নুংঙাই পাওহংই অর্জ্জুন মাগী মফমদা।
অর্জ্জুন মানা তমজরে, ব্রারী ব্রাখোঙ মাঙোন্দা।
"চহী তরানীথোইনি নারদ ব্রায়ে তুংইন্না,
তীর্থ কোয়বা চচ্চরি" তম্লে ব্রারী সূগায়না ।
তাকপি বাসুদেবনা করি ব্রারি ফালগুনি?
চহী কূমশিং সূদ্রিফাও ঐখোয়গা লৈমিন্ননি।

বলভদ্র, ইগ্রসেন, সাত্যকিনা চিলবা,
ৱারী-ৱাতায় শানরে মথং-মথং অপুন্বা ।
রৈবতক-কি চীং'থক্তা ময়ামদুগা লোয়ননা।
কাখৎলক্লে অর্জ্জুনদো হরাও তয়াম্নদুনা।
যদু শাগৈ নুপীসিং অথেন পোৎপু পুরকই,
অর্জ্জুন মাগীদমক্তা মরী মরী চঙলকই।
খূরুম য়াবা খুরুম্লে, কৌন য়াবা কৌনরে।
অৱা-নুংঙাই পাওহংনৈ, ওরাও হরাও নোক্লরে।
বসুদেব মমোম্লোই মতম অদুমক্তদা,
কৃষ্ণ মাগী মচনদো লাক্লে খ্বাইগী তৃংদুদা ।
যদূ সাগৈ লৈকোম্নুং নৌনা লৈশাৎ থম্লিবী
সূভদ্রাবু কৌরী, লৈরাংনিদো শাৎলিবী।
যুবতীগী হৌনবা য়েংঙু খূদিং ৱাণ্ডেদো।
মনম নূশিখ্রে থাও তৈ, খোইখোয় তাবা শম্লাংদো।
আগুর, কস্তুরী, কৃক্কুম, চন্দন মখল কয়ানা,
তাইবঙ থম্মোয় সূক্ষ্মৎনৈ, চন্দন মনমদুতনি।
চন্দন মনম তাবদা খোইমুশিংগী মপৈনা,
'ভদ্রা নাক্তা ঙংলরি, পাম্বী লৈরাং তাদুনা।
নাদা য়াল্লি নাইন্না, নূরা মাগী নাপদা,
লেঙলু-শোকলু য়াওদনা হাইজরিদো মথন্তা।
পূর্ণিমাগী থাজনা নূজা মাইথোং উবদা,
নোংদোন লৈচিন মরক্তা ঈকাইদুনা লোৎখিদা।
থোয়দিং মপাল ঙমজৈদা তাথরকপী নাতোন্না।
নীংঙি খোয়রুম তৌ-বোইদা, ঙাঙ্গ্রম্নবী চীনবান্না।
নূরা মিৎস্না মান্না শজি মিণ্ডনি।
খোইমু ওইবা কয়াগী থম্মোয় কঙাওনফম্নী ।

পীসুম অনী অদুনা কাম কৌবা লাইদুগী।
ফূল ধূন কৌরবা, পীরুং মওঙনী লৈগী ।
চেদা য়েকপা লাইগুনি ব্রাঙাঙ হৈদো মান্দোদা।
ঙাওরোইদবা কন্না লৈ নূজা চেংলৌ উবদা।
চাদ-থক্ত লৈখ্রবা যোগি ঋষি ফাওবদা,
লাইনিং-লম্বী কাওগনি নূরা মায়থোং উবদা।
ঈশিং য়োৎপা উবরা ভদ্রা মাগী চরমনী।
ঙকশম মতা ফবদা, মনি রতন লৈতেংনি।
থবক ঙানফম উনিদা চরৈ ফিনা থাখুম্লে।
মখল মখা লৈতেংনা থবাক্তুদা ঙাম্থোইনৈ।
পূর্ণিমাগী থাজবু খুম্নবসু লৈচিন্না,
মালেম তাবা পাম্বোম্না লৈরোননুংদগী থম্বৌনি।
সনা খূজি কয়ানা নূজা খূদাং ঙাম্থোইরি।
তথোৎলবী খূৎশাদা মনি খূদোপ ঙাম্থোইরি।
সূপ্তক তাবা শাড়িনা, তারকপদো খূবোমদা,
থম্বাল লৈয়োন থমচেত্তা লৈরিক্লা য়োম্বগুম্নীদা।
দেবকীগী মমোম্নী রাম কৃষ্ণগী মচননি।

---লোইরে--






অইবগী [illegible] কশিং

১। সরতকী নাটক (ড্রামা অহুম ১৯৯১)

২। ঐগী ইমাদি (ড্রামা অনি ১৯৯৭)

৩। সুভদ্রা চেনবা (শৈরেং ১৯৯৯)

৪। আনন্দা য়াইমগী কৎথোকপা (ৱারি ১৯৯৭)

৫। নিংথা মচেৎ (ড্রামা অনি ২০০৩)

৬। সুনোলতা উপন্যাস (২০০৩)

৭। নোংলৈশিংগা ছাতিনসিগা (ৱারি মচা ২০০৪)

৮। খোমজিনবা লাইরিক (২০০৪)

৯। নৈশাবী অঙাওবী (রেডিও ড্রামা অনি ২০০৫)

১০। লতা (উপন্যাস ২০০৬).

১১। ঐ ইন্দীয়ান্নি (শৈরেং ২০০৭)

১২। নিংথৌরোল (ৱারেং ২০০৭)

১১। ক। All India Radio শৈরেংবা ওইরকখিবা
তাং ০১।৮।৮৬

খ। All India Redio ড্রামা ইরকখিবা চহি ১৯৮৮

গ। Dr. Ambedkar National Fellowship Awardee
2003